# হ্রাহৌদোক




লেবা লাইনা মাথ ফোংলবসু চাংতুগা লাহচং য়েংলগা মহাক চাকথা,, মচিঞ্জাক পিতুনা লৈবাক্কি অবা অনাবু কোক্লরম্মী। থোক রম অসি চৌংথংখোম্বা সনা হান্তক ফাওবা ফজনা মায়চৌশিংনা মখৌ পুরম্মি।। লৈবাক অসিদা লাংকদবা চৌং মফম ১০৮ নি।। অতুবু শুপতিল্লগা লাইকম কুন্নিপালদনা য়াবগী মওংদা চৌংঙম 2৮ দমক থৌরম্মে।। মফম থূদিংগী ইরাৎনবা মতুগী তিনশোল লাইশোনগা লোইননা মতুগী পোৎলম য়াওবা লাইরিকপু ভীংলোন লাইগুই হায়না থম্বীরম্মী। লাইরিক অসি ওজা বিরহরিনা পিবিরম্বনি।। থম্বীরম্বা লাইরিকশিংগী থোইদোকপা মমল লৈখিদে থম্বীরম্বা লাইরিকশিংগী মমল ওইনা খ্বায়দা ফোংদোকচরগা ওজাগী থুয়া থাবু তানফংজবা ওইবিয়ু।। লানখিবা শোইখিবা পুন্নমক অপাবশিংনা ভাকপিগনি নিংজৈ।।

অইবা :


এল: মংলেম মৈতৈ

মেকোলা বজার।

# য়াওফম তাকপা

| করি য়াওরি | কদায়দা |
| --- | --- |
| ১৯। ফোইজিং চাংগী পরম | ১৫ |
| ২০। লোকপা চাংগী পরম | ১৬ |
| ২১। লোইজিংগী থোরম | ১৭ |
| ২২। চাংথাংগী পরম | ১৭ |
| ২৩। কৌব্রু চাংগী পরম | ১৮ |
| ২৪। থাংজিংগী পরম | ২০ |
| ২৫। সম্বোং নিংথৌ চাংগী পরম | ২২ |
| ২৬। মুরাং চাংগী পরম | ২৩ |
| ২৭। য়াংবেনগী পরম | ২৩ |
| ২৮। চীঙ্খৈ চাংগী পরম | ২৫ |



# চাংলোন লাইহুই

১

## চাংশিংনা চুক ওইনা লৈখিবগী পরমনে

(নোংমাইজাং) (নোংমৈবুং)

নোংজম শংদগী পুথোকতুনা নেংগোকী চুক ওইনা লেখি॥ লাইদি (পুলৈবোম্বনে)। মমিংদি (পুরেশংহৌংচা) কৌএ॥ পুং অসিগী মথক্তা কাপতু ভুই থাদিলনে॥ নোংথো ফালাং থুং-লিবনে। পুংতুগী মখোংদা থুং ৪ থাবিবা অহুনা (ভুই ১ যন ১ মেলাং চেংনবা ১ = নী ১ আসবু নল্লীবনে। মফম অসিদা (ভুই থোক্লবদি) নিংথৌ শি॥ যন থোক্রবদি লৈবাকপু কল্লী। তনবনা চোক্রবদি অংগৌ পাংবা পীবা শিএ॥

**অহুমসিগী ইরাৎ থৌনিদি:** শগাই মথোন ৭ শাও॥ উচিরা যুংশ॥ যিদা ২, ফংদী ১, ফিরাক ২, য়েংং খুনেং শেন খুনেং ২, হৈনখা ১, লৈশং ১, মনা ১, কা ১, চু, হৈ, লা, লফাং ৪, শরেং ২, টাপাং ২, চফু উয়ান ৩, ডংঘা ৩, নাহৈ চগ্য ৩, য়েংশবী ২, খাইব ৩ চেগপ ৩, থাংমৈ ৫, ফিরাল ৫, (কাপতু কাপনেন) য়োং হুংথং ১, য়েৎ ১, থাং ১, চেং, থুম, মোরোক, মরোই, শিং, পান; থাংখা, থামেন, লশিং পোন অমমম পুল্লা ৭২ নি॥ কোনয়াই পু ১, হৈমাংমনা শিংজু, পুকযু লৈশু কবোক উতোং ১, লাইমিংদি (মী নরু মরুহী পুচীলেন মী হৌংচা কৌএ॥

মখা থংবদা থোং থিংলিবনে।। শাদি শরেংগী এক ১ য়েন ১; য়েনহিং ১, খোংজী নাশি ১, ফৌযাং থুম, কাগুপ, শেন কাগুপ লিকোন ওাতাংনি থগু।

মনাক্তা পাং অমা লৈ মতুংদা (ঙাপী লাই) ১ লৈবনি।। মানা থোক্রবদি ইরাংনি। কগী ১, ফিরাক ২, থকথন ১, লফাং চং থোকপা ১, হৈনমা ১: লৈশং ১, হৈকন লাংকন, অহাও অথুম, চেং লৈ ফুতিং থয়োম, মা লুপা অতিংবা, হৈরুক পানা, হৈবী মনা শিংজু, পুকয় লৈয়ু, লাইরাদিঃ (ভানীংথৌ ভাহৌং মাহিং) কৌএ।। মা পোকপা লাইনি থগু।।

## ২ লল হাম্বুংগী পরম:

নোংচুম শংদগী পুথাক্লেনা লিক্লমদা চুক ওইনা থমখিএ। লাইশক্তি (কৌব্রনি মমিংদি (মী হৌংকোক কৌনারেল) কৌএ।। পুংগী ময়াইদা চুক থাবনি মথোংদা মুং ৮ লৈবনে। হিংচবা ১, লাই ১, কাকফৈ ১, অক্রমকপু নম্লীবনি।। হিংচাবীনা থোক্রবদি মী য়াম্না শিএ।। কাকফৈনা মুনা থোক্রবদি লাই-তিন কল্লী।। ভাংয়েক্লা থোক্রবদি নিংথৌ শিএ।। ভৌনা থোক্রবদি অঙোম শিএ।। লাইমুনা থোক্রবদি থেংনবা মীতু শিএ।।

ফনরা ইরাত্তি:— ফগী ১ ফিরাক ২, ফিদা ১, থকথন ১ উচিবা ৪, লফাং ৪, হৈনমনাইবা ৪, লৈশং ৪, হৈকল লাংকল, থুম শেন কাগুপ, লিক্লোন ভাতাং (শিনবা লিকোন) য়োং থুনেং ২

থুনেং শেন ., য়োং ১, থাং ১, শরেং, ভাতাই ১; ভাতেন ১, রানতোন ১, (চকু মচা) ইন্নান ১, ভাথা ১, নাহৈকু ১, য়োংশবী, খবৈ, চেগপ, খুম মোরোক, মরোই মপাং, শিং পান পোন অমমম, শিং পোন, লৈশং পোন, খোইদিং পোন, রাই পোন ৭২ নি।। ক নী ২, য়াংকোক ১, শঙ্গোম অফবা অনৌবা কাপতু কাপলেন লা থাংগৈ ৫, কোনয়াই পু ৫, অসি য়াওনা য়াংকোক্তা সঙ্গোম হৈন লাংলু ।। মথক্তা নোংথৌ কারোং উবনে লিক্রমদা থোং থীংলিবনি।। লাইনিংদি ভাকেল ইচম্মা কৌএ।। পুং অসিগী খা মরমদা পুং অনম্ লৈবনে চবানপুং পানতং পুংনে মনাক্তা কৈয়েন লৈফম ১ লৈবনি ।। শরোই থাংনা লাংলু।। পোংচংদিঃ — ওক ১ য়েন ১, থোং জ য়াওনা ফখীদা হাপও। য়েক্রম ৩ উতোং ১৬, মুং ১ য়াওনি।।

## ৩ পিশুম পুংগী পরম :

নোংক্লম শংদগী পুংথোক্তনা মুংশিং লমদা চুক ওইনা থমখি। পুংগী মথক্তা চুক থাবনি মথোংদা মুং ৬ লৈ মতুংদি ওক ১, লাই-যন ১, লাই ১, নম্লিবনি ।। ওপা থোক্লবদি লৈথোং কাইগ্র, লৈবাক অরাবা ওই।। লাইযন্না থোক্লবদি লৈমা নিংথৌ শিগ্র। লাইনা থোক্লবদি মরোল লোনবা য়াম্না শিএ।।

ইরাত্থি ;— ফখী ১, ফিরাক ২, থকখন ১, ফিদা ১, থাউ-মৈ ৫, য়োং খুনেং, শেন খুনেং ২, লফাং ৪, লৈশং ৪, পানা কা ৫, উচিন্না ৫, শরেং ভাতাই। ভনোই ভাপাং ১, ভাথা ১রানতোন ১ (চকু মচা) নাহৈকু ১, য়োংশবী, খ বৈ চেগপ, য়োং, থাং অমমম

কাপতু কাপলেন মুংথং ১ চু, হৈ, লা, লৈ, চেং, কম্বী, থুন মোরোক মরোই, ভাপাং, ফোদাং, থুম, শেন কাগুপ লিকোন ভাগাং হৈবী মনা শিংজু পুকয়ু লৈয়ু থোংথুনা লাংলু॥ পুংখোং মখা থংবদা থোং থিংলিবনি লাইমিংদি শ্না চীং তরেং চৗহীংনপ কৌএ। শরেন্দী শুক ১, য়েন ১, হায়মং ১, য়েনহিং ১, এরম ৩, খোংজি য়াওনা কোনয়াই পু ৫ অসিমা লাংকনি॥

## ৪ চীংভা পংগী পরম

চীংভাগী নোংপোক পাংবদা নোংপোক অপাম্বা লৈবনি। মখক্তা লাইরৈমা ৭ লৈবনে। তম্ফা য়াই লোইবনি। মখ, থংবদা লাই উগী শং অমা লৈবনি। চীংদান্দা লাংচৈ উরিবনি। পান-খোইবীগী খুদা মুংভো লৈবনি। য়োংকী চেগু অময়ু লৈবনি। চীংভা লাইরেম্মনা থাকপা লাংকোরিগী খুদুপ ৬ লুবদং লৈবনি। লাংচৈ অমদি নোংপোক্কী চীংলোম্দা লৈবনি। নোংপোক লাইক্তা লমদা ঈশিং থোকপা লাইকোম অমা লৈবনি। চীংথক ময়াই মক্তোন্দা লাইনিংথৌগী শঙ্গাই লৈবনি। লিক্লাই মুগী ১২ লৈবনি খুদুপ ৬ কাপ অমা লুনা লৈবনি। ঃ নাংচুপ্তা কাপতু কাপলেন থানা থোংথিংলিবনি। মনাক্তা থোং থিংলিবনি। লৈবাক্কী নোংথৌগী করোংশুং অনিমক য়ুংলিবনি। কারোং অনিনা লাপনা তাক্লনি। অচুগী নোংচুপ্তা মাইচৌ ৭ না থনপা পুমা ৩ লৈবনি। খুদুপ ৪ লুনা লৈবনি। মনাক্তা থাং খিংগী থাং চুক্লোই অনি লৈ। মকুগী মাগ্রী চৈশুনে এরমনে, কাংচুপনে সনাগী ভাক্কী অনিমকনে খুদুপ ৩ কাপ অমা লুনা লৈবনে।

লাইথোং নোংথোংগী ইরাত্তী : ফম্বী ১, ফিরাক ২ থকথন ১ লফাং ৫, হৈনম্বা ৫, ক্বা মনা ৫/৫, হৈক্রুক অয়াম্বা, অহাও অথুম, য়েন্‌ থৃনেৎ ২ শেন থৃনেৎ ২ য়েন্‌ ১, থাং ১ (কাপতু কাপ্লেন ১) চুংথং ১, উচিবা ৫, থাংমৈ ৫, শরেং ৩, ডাপাং ৩, রানতোন ৩, ডাংঘা ৩, নাহৈক্রু ১, য়েন্‌শবি, খাবৈ চেংপ, চেং, থুম, মোরোক মরোই মপাং, শীং, কম্বী, থোইজু লৈশ্রাম, লৈশং, কোনয়াই পু ৮ লাইমিংনা (অরং হরংচী) কৌএ। হাংনা লাংপা মাংএ থীংনা লাংনু চাওএ।

## ৫ থাংজিংগী পরম

শগাই মথোল ৭ লোনবা ১, ফম্বী অমা, ফিদা অমা, থকথন অমা, ফিরান ১, উচিবা, থাংমৈ অমা, য়েন্‌ শেন থৃনেৎ অমমম, লফাং অহুম ক্বা মনা ৩, লৈশং ৩, হৈনম্বী ৩, লাইনিংথৌ লাই-রেম্মাগী ফিরোই অশুবা ১ নাহৈফু অমা চেং, লৈ, হৈকল লাংকন কোনয়াই পু ৩ লা লাইমিংদি : চীংডাংলেন নোংলেনচী কৌএ।

## ৬ পাম্ভোইবীগী ইরাত্তি

ফম্বী ১, ফিরাক অমা, লাইরেম্মাগী ফিরোই অশুবা হৈজ্রাং অমা, কাতি অমা, খুজি নাশি খুদোপ পরৈ অমা, কোকনম অমা, খাংনম অমা, লফাং অহুম, হৈনম্বা অমা, লৈশং অহুম, চু, হৈ, অচা অথক তন মরম তরেৎ, চেং লৈ য়েনহীং অমা, হৈরম তরেৎ খুজি

নাশি ৭, কবোক নাচম তরেং, হৈবীমনা শিংজু, পুকয়্, রাইয়্, না হৈফু অমা॥ লাইমিংদি: "লাংস্না তরেং ঈ' কৌএ। শরেন্দা ওক অমা, য়েন অমা, হাংমেং অমা, চফু উরান, খাবৈ চেগপ, য়োংশবি, ভাংঘা, চেং, মোরোক মরোইমপাং লা লশিং।

## ৭ লাইরেম্বী তরেৎকি পরম:

ফম্বী কি অমা ফিরাক অনি, লাই তরেংকী ফিরাই শুবা ৭, খোংজি নাশি তরেং, হৈক্লাং কাতি তরেং, কোক খুং তরেং, চরিক লিকশং, কোল্লীক, লফাং ৫, লৈশং মডা, হৈনবা মডা, চু হৈ, ফিদি হাওফি লাইফি, পুকয়্ রাইয়্, হৈবীমনা শিংজু শরেং তরেং, ভাপাং তরেং, চেং ফোদাং, থুম কাশুপ, চফু উরান খাবৈ চেগপ, য়োংশবি, য়োং অমা, থাং অমা, শিংপোন = শিং য়েংনা ওইনা কোনবা কা মনা তরেং, থাংমৈ মডা কোনয়াই পু মডা, লা অসিনা লাংকনি।' লাইমিংদি: স্নামহা মনীক চীংলেনখোম্বী কৌএ।। শরেন চনবদি ওক অমা, য়েন অমা, য়েনহিং মরি, এরুম তরেং, শয়ম ৭ খোংজি নাশি অসিনি।।

## ৮ নোংপোক্কী পরম

ফম্বী ১ ফিরাক ২, ফিদা ১, থকথন ১ উচিরা ৫; থাংমৈ ৫, লফোই ৫, লৈশং ৫, কা মনা ৫, হৈনবা চু, হৈ (চুদি চুভৌ) হৈক্রুক অমগা হৈবী মনা শিংজু, পুকয়্ রাইয়্ স্না লুপা অহাংবা থ্রিং লৈ লা অসিনা লাংকনি। লাইমীংদি: (পীং পীং সংতরেং হীংচী) কৌএ।। নাহৈফু অমগা য়াওগনি।।

## ৯ শাচাম্পাংকী পরম

শক্লাইগী মখা পাংবা চীংখোংদা পাৎ ১লৈ শাচাম্পাৎ কৌএ। মহাক্কী ডাংলেন পাৎনি পাম্বোইবীনা শা ফাহুনা চাম্মী হায়হুনা শাচামপাৎ কৌএ। মহাক্কা শাবু চাম্মলবদি লৈবাক মী য়াম্না শিএ। অশিবু কোক্রুবা ইরাত্তি : ফম্বী ১, ফিরাক ২, লফাং ৫, হৈনম্বা ৫, লৈশং ৫, শরেং ১০ ডাম্মোই ৭, ভম্বু ৭, ডারম ৭, চেং, ১ থুম, ১০ য়েক্লুং মরম ৭ মবোই মপাং শুবা, লাই তরেংকী ফিরোই তরেং অশুবা (ফিদি হাওফি, লাইফি চরিক মোইরিক) লীকশং লীকচাং ৭/৭, খুজি মাচি ৭, শাংনপ, লিকোন শুনা হাপকনি ফিরোন য়াই শরিক থাংবা ৭।

## ১০ লাইরেম্মা চীংডা লৈমগী পরম

লাইরেম্বীগী ফিরোই অশুবা ১ হৈজ্রাং ১; কাতি ১ শমজেং ১ চু, হৈ, অথুম অহাও; লা, ফোদা লিকোন, ডাতাং; থুম কাগুপ, শেন কাগুপ, য়োং খুনেং য়োংশবী থাবৈ চৈগপ, চফু ৭, উয়ান ৭, ডাংঘা ৭, নাহৈফু ১, কম্বী ১, খোইজু লৈথাম, লৈশং, শরেনগী ওক ১০ য়েন ২, শারম ৭, চেং, এরুম, ৭, য়োং ১, থাং ১, কোনয়াই পু ২, য়াংকোক ১, (থোংহুনা লাৎকদবনি) মাইকৈ ৪দা এনহিং থাগনি। খোংজি নাশি, হৈবীমনা শিংজু, পুকয় য়াইয় অসিনা লাৎলু। লাই তরেংকী মমিংদি : স্না য়াইরেন খোম লৈহিং কৌএ॥ লাইরেম্মাগী মমিংনা লৈহৌংনপ মীহিংফা কৌএ। অসিনা লাৎলু।।

## ১১ চাংথাং লাইরেম্বাগী পরম

নোংঙুম শংদগী পুথোকতুনা চীংথৈগী চুক ওইনা থমখি। পুং অসিগী মথোংদা চুক থারি।। মুং ৭ লৈবনি, মচুদি ওক ১ যন ১ কৈ ১, লাই ১, অসিবু নমদুনা থমলিবনি।। ওক্না থোক্লবদি য়া খোক লাম্মোকপা য়াম্না নংই।। মিংথৌ মকম তাইএ। যন্না থোক্লবদি মথোং মরি পানবদা অয়াবা পী।। কৈনা থোকলবদি লৈবাক তাকএ।।

থুদম অসিগী কোক্লবা ইরাত্তী:— শগাই মথান ৭, কন্থী ১ কিয়োই ২, থকথন ১, উচিবা ৫, থাংমৈ ৫, লফাং ৫, হৈনদ্বা ৫, কামনা ৫, লৈশং ৫, চু, হৈ, হৈকন লাংকন, য়োৎ শেনগী থুনেৎ, কাপতু কাপলেন, শরেং ১, ভানোই ৫, মুংথং ১, ভাখা, চফু উয়ান নাহৈফু ১, চেং থুম, মোরোক, শিং ফৌদাং কিবোন, ভাতাং, থুম কাগুপ, শেন কাগুপ, কন্থী, খোইজু, লাইথাম, লৈশং, য়োংকী চেগপ, থাবৈ, য়োৎশবি, কোনয়াই পু ৩।। শরেনগী: ওক ১ য়েন ১. এনহিং থানবা ১, খোংজি নাশি, খোং থিংনা লাংলু।। লাইমিংদি: স র হীংস ভাচি কৌএ। নোংথৌ করাংশু লৈবাক করোংশু যুংলিবনি অনিমক লাপনদবনি চীংথোং। কমপুং ১ লৈবনি। মতু লাইরেন পাৎনি।। কুহিংনা লাংলু নিংথৌ পুনসিবনি। মীবুসু ঐনা ওন্মী। তাকহন মাংহনবসু ওয়নি।। চীং মওংগী খংনবা হায়গে চীংকোক্না নোংপোক পাংনা লৈবনি।। চীংদোন্দী নোং থোং থিংলিবনি।। নোংথৌ লৈবাক করাংশু যুংলিবনি ময়াইদা

কাপতু কাপলেন থারিবনি লাইশক্তী পাম্ণোইবীনি।। মহাক্কি শচীবিনী মনাক্তা থেংবী অল্লোং লৈবনি। মনাক্তা লাইকোম ১ লৈবনি।। লাইরেম্নুগী যোৎকী চৈশু লৈবনি। খুদম হায়গে :- লাইরেম্না তোইনা তোইনা খোক্লবদি নিংথৌ মফম তাওএ।। নিংথৌ পুন্সিদে লাইশং কল্লী কৌশি মীনা কল্লি।। পোৎচং ইরাত্তী :- ক্যী ১, ফিরাক ২, লকাং ৩, হৈনখা ৩, লৈশং ৩, ফুহিং চু-হৈ শরেং ১, ডাপাং ডানোই ১, চেং, থুম, লাং ক্যা মনা ৩, কোনশরেং ১, ডাপাং ডানোই ১, চেং, থুম, লাং ক্যা মনা ৩, কোনখাই পু ৩, খয়োম যেরুম ৩।। শরেনগী গুক ১' য়েন ১ য়েনহিংগী ১, খোংজি নাশি, লাইরেম্মাগী ফিরোই অগুবা ১ হৈরুাং কাতি পাল্ল খুদোপ, হাওফি লাইফি ফিকশং কোংঙা = কোক নম, খাং নম, ফক্কিন ফিতোন্দা য়াইরিক থাংবা লাইমিংনা লাংস্না মীহিংনপ কৌএ।

## ১২ কাংচিং চিংগী শরম

চৈং অসিগী মথক্তা লাই অনি লৈবনি।। লাইদি লৈমরেন মরু সিদবনি।। চৈংদোন্দা কাপতু কাপলেন থাব্রিবনি নোংমদোন কানবা কৈরাক থারিবনি।। লুরাং লুন্সিবন' নোংথৌ কাথিবগু মফম অসিদনে।। লাইকোম অমা লৈরিবনি ঈশিং থোকপনে। চৈংখোংদা কোম অমা লৈবনে। চৈং অরাং পাংবদা পুখ্রি ১গু লৈবনি।। চৈংখোংগী নোংচুপ থংবদা লাইকোম অমগু লৈ।। ঈশিং পেরে থোকপনি।। কুম ৬ রাও ৬ না কাংদনা লাই অমবু লুংনা নন্দুনা লৈরি।। লাই অসিবু উরুবদি উরিবা মীহু শি।।

উনহৈদবা লাইনি ।। চৈং অহুগী মথা থংবদা মরোংথোং চেল্লিও। মৈরমদা নোংচুখোং লৈবনি ।। চৈংশাংবা কোব্রিবা মংদা হেক শুনা নল্লীবনি । মোংপোক পাংবদা পাং অমা লৈরনি ।। পাং অসিদা লুং অমা লৈবনি ।। নো বান চেনু নোঙ্গাক্কল্লী। নোং চুখিক্তবদি রাগী য়েনখুং শগাই অমা য়ুংঙো চক্কু অহিংবা য়েনখুং শগাইচুদা য়ুঙো হৈবোং ডাগোঙ্গী অমা শাক্তুনা হাপপু।। চয়ুহু ১খুন হুংলু তিংথৌ মপোপ নমশিল্ল।। ঈশি হৈরো লাইরাদি ঃ— নোংও চুখারো লাংচিং মতোন থুমথংকো পাংশোই লুখাবি ডাওথেরা কৌবা কৌলু নোং লোইচৈং লোইয়ানোং থাংজিং লোইয়ানোং থাংজৌং লোইয়ানোং বাংব্রেন থোনবা নোং শন্নুমহানাং চৈংথৈ নোংপোকনোং লাইমুরা নোংমুরা কোয়ৌ খোংচুম খোংলকও মালেম লৈপু লুম্বী লুংথুংলকও মোইজা ইথাবীনং থাবীরকও খোয়ুম ইখাম্বী ইখাইবানং খাইথরকউ।। অহুম হায়না পোল্ল। লাইমিংনা হ হুম হ হুম, হুম হুম হুম হুম হুম থু চৈরিক।। তিচিরিক ) লৈবাক মরোন ৭ নোংথৌ মরোন ৭ ঈশিং মরোন ৭ থুনারে থুগাকলো থুগাকলো তিগাকপদি কাকপা থুদা তিনা নমশিল্ল থুরাওবি থুরাওবী অসিনি খংঙো।।

লাংচৈংগী ইরাৎ পোত্তি ঃ— ফী ১, ফিরাক ২, য়োৎ শেন থুনেৎ ২।২, থকখন ১, ফিদা ১, উচিরা ৫, লফাং ৪, লৈশং ৪ হৈনম্বা ৪, চু, হৈ, কা মনা ৫, চেং ফৌদাং, লিকোন, ডাডাং থুম কাঙুপ শরেং ডতাই ১, ডাপাং ১; চফু উরান ১ বানতোন ১,

নাইন্থৌ, ফিরান মভা, থাংগৈ মভা, কোনয়াই পু ২, লাইথিংদি :— পুংমীৎলং লাংনমিং কৌএ।।

লাইংকাম লাংপদি : ফুহিং অমা, খুদৈ অমা, লফাং চং-থেকপা অমা, চৈনহা অমা, লৈশং অমা, খৈয়োম অমচৈ কা মনুং চুংচৌ কানয়াই অমা, য়েরুম অমা, য়েনহিং অমা, খোংজি নাশি য়াঙ্গা লাংলু।। শরেন চনবদি : ওক অমা, য়েন অমা, য়েনহিং অমা, খোংজ নাশি, চম্থু উয়ান, খাবৈ চেগপ য়োংশবি, কাপতু ওই য়োৎপাক ডাকলৌ পোৈরোন মু ৫ং অসি লাংচৈংবু লংকনি।।

## ১৩ থেংভাক অশৈবেনগী পরম

অশিবা মী পুংমক পোথ'কমী। মচা মপা লৈহৌবা পুম্নমকপু থেন অসিদা য়েংবদা উরক্তনা কপ্পি।। খমনুং শিদমুবীনা অশি হৈবু পিজহুনা থেম্মী।। মহুনোংগীদমক থোংভাক অশিথেন মকোইমুংভোনচিং কৌবনি।। মীনা য়াম্না শিরবদি মফম অসিদা লাংলু :— হাওফি ১; লফাং ১, লৈশং ১, য়েরুম ১, য়োৎ-পাক ১, পোৈয়োম ১, ভাকলৌ ১, মুংথং ১ য়োৎ ১, ভোক ১, থাং ১, কাপতু কাপালেন, চেং, লৈ, চু, হৈ, কোনয়াই পু ৩, থাংগৈ ১ অসিনা লাংলু। লাইথিংদি : লৈনুং হী রী বী কৌএ।। মিখৈনা :— লৈনু, খোমজি মীনমী কৌএ অসিদি ওকনা ভাইমু।

## ১৪ হান্না শাবা থুপুন চীং কৌবা লংমাইজীংগী পরম

রাথাগী ময়াইদা লৈবা চীংদোংদা থুপুন চীং কৌবা শেলংলোই নিকরা নিক্রা চীং লংমাই হাগবরা হাংদবা চীং কৌবদি অসিনি। চীং অসি চুক থাহুনা লৈবনি নোংপোক অপান্বগী ফম্বীনি পুন্সি নিকয়ি নিরবদি লেপনা কংজেএ।।

থৌনি পোৎলদি : ফিরোই ১, ওমংপোৎকী হৈফাং চং থোকপা ১, রাম, চুহি ষন রোংমানবীগী মখোম অহীংবা, চুঙৌ, হৈনম্বা ১, লৈশং ১, চ হৈ, হৈকন লাংকন,. বপ্তানে কানিনে= ফাং অফিং কাবানে অসিনা লাংলু পুন্সি পম্হংনা পাল্লে।। ইরাত্তী চীঙ্গোইরোন্দা য়াওবনে অসিদা ইদরে।

## ১৫ চীংথাং থাংতেক্কা পরম হায়গে

চীং অসিদী লাই অজম্না মাইয়োক্না লৈবনি।। চীংথক্তা শেংরা অজম লৈবনি।। লৈবাক্তা নিক্রবা য়াম্না বারবা মতমদা লাংলো অরা অনং কোকএ।। লাই অজুমতুগী ফিরোই অশুবা ৩, ফিদা ৩; থকথন ৩. উচিরা ১৫, শংরেং ৩, ঙানোই ৩, লফোই লফাং ৫, লৈশং ৩, হৈনম্বা ৩. চু হৈ, চেং, ফৌদাং ৩, লিকাকোন ঙাতাং, থুম ভরুক, চফু উয়ান. ঙাংঘ', য়োৎ থুনেৎ ২, শেন অনি, য়োৎশবী, খাবৈ, চেগপ; য়োৎ থাং, কোনবাই পু ২ অসিনি।। লাইমিংদি : লৈফা নপ লইফা কোএ ' শরেনগী শাফি ওক্কে য়োম চন্দুনা কাপতু কাপলেন থানা লাংলো লৈবাক মরা তপনা পাল্লে।

## ১৬ চীংখম কৌবা চাঙ্গোইগী পরম

চীংজাইদা লাই অমবু মুনা নন্দনা থম্লি। চীংয়াইদা লাইনিংথৌ লৈ। চীংমাইদা লাইরেম্বা অঙম লৈ। অহুম্বক্কী মমিংনা খইচীংলেন মীখোংসু কৌএ। লাইনিংথৌগী মমিংনা হীংস্না মিরেন খোফম্বা কৌএ। মুংনা নম্লি নল্লিবা লাইগী মমিংনা মীশুলেন কৌএ।।

পোৎসংদি ফন্দি ৩, ফিরাল ৬; থকথন ৩, ফিদা ৩, হাওফি লাইফিনে, উচিরা ১৫, লাইনিংথৌগী ফিরোই অশুবা ১, লাইরেম্বী অচমগী ফিরোই ৩, লফোই লফাং ৯, হৈনম্বা ৯, লৈশং ৯, হৈরাংনবা চু, হৈ, ক্বা মনা ৯, শরেং ৩, ভানোই ৩, চফু উয়ান ৩, য়োংশবি ভাংঘা ৩, খাবৈ ঢেগাপ, য়োং থাং, য়োং খুনেং অনি, শেন খুনেং ২, কোনয়াই পু ৪, চেং ফৌদাং, লিকোন ভাতাং থুম কাগুপ, শেন কাগুপ, অসিনা লাৎকনি। শরেনগী শাদি হামেং, য়েন অঙৌবা মচু, য়েনহিং, খোংজি নাশি অসিনে।

## ১৭ চিংথুগি পরম

চীংথুগী চীংখোংদা লাললুথেন লৈবনি।। হাওগী লুপুংনি অরাং হাওনা ভাওরবদি মফম অদুদা ওক ১, য়েন ১ পুকয় লৈয়ু থরা ফাদনা লাৎলু শরেং ১, ভারেন ১; করোং ফি ১, চীংখো, ফি ১, ভা ১; থাং ১, ছম ১, পান, হারাই, লা, শীং থোইদিং, চেং, হৈতুপ, হৈত্রোই, য়োংপাক ১, পৌরোন ১, ভাক্রৌ, থোং থিংনা লাৎলু হাওবু উমগনি।। চীংদোন্দা থাংগো থোংগী লাইমিংনা মরেম হাওকনথোন রাংশুবা মুবা হাও মীহিংচি কৌএ।। কোনয়াই থাও।।

## ১৮ ফুনান চীং লাৎপা ইরৈবাকপু লৌগ্রবদা

ফুনান· চীংদোন্দা কোম অমা লৈ মতুদা· থাগুংবা লাই অমা লৈবনি।। চীংকোক্তা তোকপগী মশক মানবা লাই অমন্তু লৈ।। চীংমাইদা লাইরেম্মা লৈএ।। চীংখোংদা ফুনান তেলহৈবগী খুবম লৈবনি।। চীংদোলদস্তু লৈবনি।। ঐগী লৈকাকপু মীনা খুতুম চনগ্রবদা লাৎলু।

পোৎচঙ্লি :— ফিদা ১, থকথন ১ উচিন্না ৫, তা ১, থাং , কৈরেন ফি লল্লাও ফি অনিমক য়াও, ফি অসিদা শাংনা লিরুং শানা লাংবা অমনা ময়াই হাংনা কোইনা পুংগোই শানা লাংবা অমগী মশকনি। লাইতুগী বন অমগা কৎলু শোইদনা মীবু ভম্বনি।। মমিংদি মীহাংলেন মিরাকপা কৌবনি।। মিংথৈনা স্না মিং· তোংলেন কৌএ। থাগী মশক মানবা লাইতুগী ইরাত্তি :— শরেং য়াই থাংবা ১ (মথা ভাংবা ১) ভাত্তেন ১, ভমু ৭, চুভৈ, হৈনম্বা ১ চু হৈ অহাও অথুম, লৈশং ১· লফোই লফাং ১ য়াওনা লাৎলু।। কোনয়াই পু অনি য়াওনি। পুন্সি পুংভাইনা পাল্লি।

লাইরেম্মাগী ইরাত্তি :— ফি ১, ফিরোই অশুবা ১, খুজি নাশি, খুদোপ পরৈ· হৈজ্রাং, কাতি· শরোংফি লফাং ২; চু, হৈ· লা· চেং লৈ, হৈনম্বা, লৈশং, শাদি চেং য়েরুক্লি, কোনয়াই চন্না লাৎলু লৈবাক মরা চেংনা পানবনি।। তোকপগী মশক অতুগী ইরাত্তি :— ভারম ৭, শারম ৭, থোংতুনা লাৎলু লাইশং কল্লবদা কৎলু মিশি মিনা কোকএ।

## ১৯ ফোইচিং চীংগী পুরম

চীংকেংক্তা লাই লৈবনি লোক্লাংমনা লৈমগী মকপ্লি লোক লাইনা নারবদি লাইকম অসিদা লাংলু কোকএ।। ফি অমা ভুমু ৭, লশিং পোন ৭. হিদাক মৈখু, মোরোক পোন ৭, মহিখোম ১, কাংচুপ ১. চেং লৈ. হৈরা, লৈশং ফুহিং ১, শেন্দাংগী স্থ হৈনা লাংকনি।। কোনয়াই পু ২, থানা খোনিও অতুগা লাইকোম অমা লৈবনি য়েরুম্না খৈয়োম থাগনি।। চীংদা লাইরেমা ফৌওইবীগী খবম লৈবনি অতুদা লাংলু।। ফোনা কোরাম শাংলবদি থকথন ১, ফিদা ১. উরিবো ৫, থাংমৈ ৫, লফাং ৫. কা মতোন থোকপা ৫, মনা ৫. লৈশং ৫. চু, হৈ, ফিরোই অশুবা হাওফি লাইাক, পুকথম. শমজিথেৎ, লিরিশু, চরিক, খুজি নাচি. খুদোপ পরৈ, হৈঙ্গাং. কাতি, ভাংঘা বানতোন. শারেং, ভাতেন ভাংনাই. চেং ফোদাং, থুম ৬, লিকোন. ভাতাং, কোনয়াই পু ২, য়োংশবি; খাবৈ, চেগপ. য়োৎ খুনেৎ ১, শেল খুনেৎ ২, অসিনা লাংলু।। শারেন শাদি ওক অমুবনা লাংকনি। চীংয়াইদা লাইনিংথৌ খুম্বোম্বনি লাইশক্তি শোরারেন্নী নোংনা অথাক অরাও তোইনা তোইনা তৌরবদা মকম অসিদা লাংলু।। পোংচং: থকথন ১. ফিদা ২, হৈনম্বা ১. লৈশং ১, চুঙৌ অ। য়েন অঙোব' ১, য়েনহিং ১. খোংজি নাশি. লফাং ১. ফিরোই ১, চু, হৈ, কোনয়াই পু ১ অসিনা লাংকনি।

## ২০ লোকপা চিংগী পরম

চীংকোক্তা মুং অমা থারিবদো নিংথৌ শিং মতমদা থৌনিনবা মফম্নি লৈকমদি, মরু শিদবগী লৈফম্নি, হৈনিং শিদবনা নমথাংদা হৌরিবনি লাইমিংবু অসন তরং কৌএ ।। পোৎচংদি ঃ নিংথৌগী ফিরোই অশুবা ১, যিদা ১, থবথন ১, উচিরা মন্ডা, ফিরান ৫, লফাং ৫, ফম্বি ১, ফিরাক ২, য়োৎ খুনেৎ, শেন খুনেৎ ২/২, হৈনম্বা ৫, চু, হৈ, য়োৎ ১, থাং ., চেং, শরেং মঙা ভাতেন, ভাখা, রানতোন, থাবৈ চেগেপ, য়েংশবি, থুম, তরুক, লা, ক্বা, মনা ৫, কোনয়াই পু ২, শগাই মথোন ৭ শাও ।।

চীংথোংদা কোম অমা লৈবদা মতুদা ফুংগ লাংলু ফোদাং লিকোন ভাতাং অসি লাংলবদি নীংথৌ পুন্সি মুংশাংবনি থংঙু ।। চীংয়াইদা পাখংবগী লৈমরেন লাই ২ গী খুবম লৈবনি মমিংদি ওক লজ রাইরজ কৌই ।। মমিংদি স্না সংত্রেং কৌএ ।। অমদি লাইয়ামুসী কৌএ ।। ইরাত্তি ঃ— লাইনিংথৌগী ফিরোই অমা লাইরেম্মাগী ফিরোই ১, লফাং ৩, হৈনম্বা ৩, লৈশং ৫, ক্বা মনা ৩, চেং লৈ, চু, হৈ, কোনয়াই পু ২, অসিনা লাংলু নিংথৌ পুন্সিবনি ।। চীংখৈদা লোকফু লৈমগী খুবম মুং অমা থারিবনি, লোক য়াম্না থুংলবদি অসিদা লাংলু ।। তু অমসু থাও লাতোন ১ থাও অহাও অথুম হাপও য়েরুম ১, লশিং মপোপ ৭, মোরোক ৭, মৈখু হিদাক্বা হাপ্পু কোনয়াই পু ২, মনাক্তা কোম অমা লৈবনি খৈয়োম লাংলু লাইমিংনা লোক লোক হীংলোক হীশং কৌএ ।। হায়না লাংলু শোইদনা ফংরু থংঙু ।




## ২১ লৌইচিংগী থৌরম্ব হাপ্লোক

চৌংগী মমিংবু মকুবী চৌং কৌএ।। চৌংকোক্তা লাইনিংথৌ কোরৌহনবা লৈএ।। মনাক্তা অরোইমুং কৌনা লৈ।। মমিংবু ভুম য়িথিংথবা কৌএ।। ইরাত্তি:= কম্বি ১ ফিরাক ২, য়োং খুনেং শেন খুনেং ২/২, লফাং ৩, হৈনথ্বা ৩, কা মনা ৩, চু, হৈ, অহাও অথুম, কোনয়াই পু ৩, থৈয়োম শেমদুনা লাংলু নোং চুইএ। কোরৌ হনবগী মমিংদি ৻ইমা বা হুই রাং কৌএ।। মিথৈনা চৌং রারী চৌ কৌএ।।

পোংচংনা : কম্বী ১, ফিরাক ২, য়োং খুনেং ২ শেন খুনেং ২ হৈনথ্বা ২, লৈশং ২, কা মনা ২, চু, হৈ, অহাও অথুম, লফাং ২ লাইনিংথৌগী ফিরোই ১, লৈমরেনগী ফিরোই ১, শক্রে ১, ডাননোই ৫, চেং লৈ, থুম ৫, কৌদাং ১, লিকোন ডাডাং, কোনয়াই পু ৩, শাদি ওক্তা, নত্রগা হুইনা লাংলু।। য়েনহিং ১, খুজি নাপি রাওনা লাংলু।। মী য়াম্না শিরবা শা-শন য়াম্না শোক্লবদং তৌগনি অরাবা কোকপনি থংঙ্।। হৈবোকি থৌরমদি হৈবোক চৌংগোইরোন্দা য়েংঙ্।।

## ২২ চৌংথাংগী পরম

চৌংথক্তা লাইরেংগী খুবম লৈবনি।। মন্নাক অরাং পাংবদা লাইকোম অমসু লৈবনি।। চৌংথৈদা লাইব্রিক লৈবনি। চৌংখোংদসু ভরেং লৈবনি মনাক্তা চুক মরি লৈবনি।। লাইকোম কোক্লোন শোবা অমা লৈএ।। চৌংথোং ওক্তা লাইকোম অমসু লৈবনি।। মতুদা ইথৈরেন পাথংবা লৈবনি।। পাং অতুদা ডা

অচৌবা অমা লৈবনি।। মমিংদি হৌংকুপলেন ঈহিং শং কৌত্র।। মিখৈনা স্না সং ত্রে তনৌবা কৌত্র। লাইথুং লৈরবদি মফম অহুদা লাংলু কোকপনি।।

পোৎচংদি ঃ= ফুহিং ১, খয়োম ১, কি অশংবা ১, লফাং চংথোকপা ১, য়েরুম ২, চুংডৌ মকক ৩, হৈনস্বা ১, লৈশং ১, ক্বা মনা ১, চেং, লৈ, লৈঙুন্দুনা মথুংদা লুপ্প, লাইথুং কোকনি।। পুন্সি মুংশাংই।। ফম কাই।

লাইরেম্বীগী ফিরোই অশুবা ১, ফম্বি ১, ফিয়াক ২, য়োৎ খুনেৎ ২. শেন খুনেৎ অনি, লফাং ৫, লৈশং ৫, ক্বা মনা ৫, থক-খন ১, উচিরা ৫. ফিদা ১, থাংমৈ ৫. ফিরান ৫, চেং. লৈ, হৈবী মনা শিংজু, পুকয়ু রাইয়ু, কবোক নাচন ৭, লা, কোনয়াই পু ২, চরিক কোংঙা লীকশঙ, লীকচৌ পরেং ১, ভাতেন ৩, য়ুখাম লজ, চাকশুম লজ, পান্বা মরেন লজ ১ = তাংজ লিল্লা হৈচেন লজ ১. = কৈ ১ শাগনি।। ওকমু চারা লজদি কোঙ্গোল শৌরিবনি মাদি লাইকোম্নি চৌং অনিমক হৈরাং অমত্তনি পুন্সি থোং. নাওশিথোং, খেলকাথোং থোং অহুম লৈবনি।। নোংচুপ লমদি শগোল লম্নি খংঙ্ক।।

## ২৩ কৌত্রু চৌংগী পরম

চীংদোন্দা কৌত্রু লৈ।। মনাক্কা লাইকৌম পুক্রি অমা লৈ, মনাক্কা শঙ্গাই য়ুম্ফম লৈ মুংগী কাংথোন লৈ মুংগী শুম্বন য়াংকোকশু লৈবনি।। কোম্বান্দা খোংনাং অমত্তু হৌবনি।। নোংচুপ্তা

নোংথৈ, কোংভা চারিক পাম্বী হৌরিবনি, নোংপোক্তা মুং অমা থারি মসিদি মিরেন পন য়ানকম্মী। মনাক্তা লাইখুল লৈ মতুদি শঙ্খোংগী থোংনি মসিগী অরাং পাংবদা মুংজাও অমা থারি, মসিনা শামু পোকপা মুংনি মমিংবু পোকপি লাইস্নামু কৌএ॥ মশিগী মথা পাংনা মুং অমা লৈএ ওক পোকপি কৌই॥ মসিগী নোংপোক লমগী মতোন অতুম্বদো শোরারেনগী কম্বিনে॥ মতোম্দা ঈশিং থোকপনি। চিংথৈ পাংবদা মুংনাও কান্দুপ অমা থারি॥ মুং অতুগী মথক্তা ঈশিং তাবনি। ঈশিং অতুদি নোং অশাম্বগী লুরাই হমুলদগীনি। শোরারেনগী মিংথৈদি :- নোংখাকালেন নোংনিংথৌ কৌএ॥ খা পাংনা মুং অমা লৈবনি মতুদি খমুপোক কৌএ। মনাক্তা মুং অরংবা অমা লৈবনি মতুদি য়েন ভাম্বু পোকপা মুংনি। কৈরবগী মিখৈদি মীহৈংলেন মী পোকপা কৌএ। মিখৈদি ভৌবা কৌএ॥

পোৎচংদি :— লাইনিংথৌ লাইরেম্মাগী ফিরোই অশুবা ১, ফিদা ১, থকখন ১, উচিবা ৫, কমফি ১, ফিরাক অনি ২, লখাং ৫, কা মনা ৫, চু, হৈ, হৈরাংনবা, ফৌদাং ১, থুম কাগুপ, শেন কাগুপ, রানতোন ১, ভাংঘা, থাবৈ চেগপ য়োংশবি, য়োং, থাং শরেং ১, ভানোই অভৌবা, ওক ১, য়েনহিং ১, খুজি নাশি, কোনয়াই পু ৩, অসিনা লাৎলবদি মীশি মীনা রাথোক লান থোক্কে। লৈবাক নিংথৌ পুন্সি॥

## ২৪ থাংজিংগী পরম

চৌংথক্তা থাংজিং কোইরেল খুবম লৈবনি।। শঙ্গাই ঝুম-ফমস্থ লৈবনি। মমাক্তা লৈবা লাইফমদো শংকু রৈপেকপি কৌএ।। মুং অহুম থারিবনি।। মুং অমনা থাংজিংগী মাই নল্লিবনি মুং অমনা স্নাগী কংচুপকা স্নাগী চৌনফুগা অনিবু নল্লিবনি।। অমনা স্না লুপা থোকপা মুংনি।। মনাক্তা শিদ উশান তরুক হৌরিবনি।। সনা খোংনাং অমস্থ হৌরি, মনাক্তা লাইকোন অমা লৈবনি ঈশিং থোকপনি।। শিদবা উপান্দী মচুম তাবনি মনা তরেৎ পানবনি। মনাক্তা মুংভৌগা অরাংবা অমগা লৈবনি, অঙৌবনা শোল্লারেনগী খুবল্লি শামু অঙৌবা পোকপা মুংনি।। লাইমাংনে মমিংদি লোংত্রেনখোম্বা কৌএ। অঙৌবা মুংদো থোংঙাক লিংথোগী খুবয়ে নোংশা পোকপা মুংনি।। মনাক্তা মুং অমা লৈরিবহু মচু তরেৎ লৈবনি, সনা লুপ, কোরি শেন পিশ্রাই ৳ফা, মন্দকপু থোকপা মুংনি, মমিংদি লাইহীংথু চাকশৌবি কৌএ, লনগী মপুনি।। মুং অঙৌবা অতুগী মমিংনা তেককী কৌলৈহাং কৌএ।।

ইরাত্তি:— কশ্বী ১, ফিরাক ২, লফাং ৫; শরেং অহুম, ঙাতোন ৩, থকথন ১, ফিদা ১, উচিরা ৫; থাংমৈ ৫, কা মনা ৫ হৈনম্বা ৫, লাইনিংথৌ অহুমগী ফিরোই অশুবা ৩, ঙাংঘা ঙাতোন, য়োংশবি, খাবৈ চেগপ, য়োং খুনেং, শেন খুনেং ২, চু, হৈ, কা মনা ৩, লৈশং ৩, য়েন ১, থুম ৫, খোংজি নাশি শনথিনতা ১, পুককাংথাং ১, মরুক ৫ অসিনি।

থাংজিং চৌংগী চৌংদোন্দা মতোন তরেৎ শুবনে। সনাগী শংগাই ২ শুবনে। চৌংদোন অমদা নুংগী খুদা লৈবনি॥ অতুগী মথক্তা থাংজিংনা মমায় নোংচুপ লাইচী পানা ফম্না লৈবনি নমত্তাদা উখুম চৌনি॥ অতুগী মথা পাংনা নু শিংথোং ৩ লৈবনি অমদি চিংখা থংবদা হৈদনি। নুংগী য়াংকোক্নম কোইবা অমনা নুপতুনা লৈবনে। চৌংদোন অমদা নুগী পুনমগুণা অমনা খুম্লিবনি। চৌংদোন অমদা নুংগী পুনোকনা অমনা খুম্লিবনি॥ নুংশিংথোং অতমদি অসিনি। কোইরেন লৈমগী মনাক্তা পুখ্রি অনি লৈবনি॥ অমদা থকউবদা লাই শুম্লি; অমনা থকপদা মী ওইবনি॥ সনালেংগী মনাক্তা পুখ্রি অমা লৈ পুখ্রি মচিন অমদি মোইবুংগী মগুনি। মোইবুংগুম্ব মচিন্দুদগী চেন্থরকপা ঈশিংনা মোইরাং তুরেলগী মরু ওই॥ মোইবুং মচিন্দা ঈশিং মরিক মরিক ভারিগা অদুদা মী অমা কোনবা লবুনা লাকোনফানা চৌরিবনি। থাংজিং লাইকোনগী থোং মরি পানবনি অরাং খোন, সনা থোং মানবী কৌএ। নুংথোংনী নুংশুক য়োংশুক পাইনা ভাক্তি (তখেল্নী) মগী থোং চুক চংগনু॥ নোংচুপ থোংশু চংগনু নোংপোক থোং লোমদা চংলবদি লাইকোল ফংগদবনি। লেপনা থংগনু কাংগুনু চৌংদোল মাপলমক চপ মান্নবনি। লাই মাপলগী মফম্নি লাইনিংথৌ থাংজিংগী মনিংদি সুনোংনাংখৌ তরেংবা কৌএ। থাংজিংদি নংখ্রাংদা থম্বাল শাংপনি। মনাক্তা নুগী নোংমৈ লৈবনি।

## ২৫ শংস্থাং নিংথৌ চীংগী শরম

চীংদোন্দা মুংগী শঙ্গাই কৈবনি মমায় শস্থোং পাংব নি শঙ্গাইগী ফংক্রামদা মু থোং ফিংলিবনি শস্থোং নিংথৌগী মুংমাইদি র.ই ৫ চাওবা লৈবনি মুংগী যুম লাইথন থনবা মুংশাক অমা লৈবনি শস্থোং ঋিংফমদি মতুনি।

মাগী ইরাৎ পোত্তী : ফম্বী ১, ফিরাক ২, লাইনিংথৌ লাইরেম্মাগী ফিরোই অণ্ডবা ২, লফাং ৭, হৈনগ্যা ৭, লৈশং ৭, ক্বা মনা কোম্লবা ৭, চু হৈ, যেংখুনেং ২, শেন ২, য়োংপাক ১, উবুং ২, পোরোন ২, ডাক্রো ২, স্মাগী নাহো নাইয়ে = নাইল শরেং ১, ডানোই ৩, ডাংঘ বানতোন ১, নাহেফু ১, চেং থুম, লা, ফৌদাং, লিকোন ডাতাং খায়োম ফুঙীং, থোংথোংলকও। চীংথোং উবুং পোকপীশু অণ্ডা লাংলু।

শস্থোংগী মথা পাংবদা মচা অহনগী মুংগী শঙ্গাই লৈবনি। মচা অহন্দী মাগী লালবু ঐনা ভনজগে হায়বদা লানকম খুদিংমক্তা ঐনা ভগ্না মাইপাকপা ওইহ্নগে পীবীও নিবদা পিবিএ॥

পোৎচংদি :—নিংথৌগী পেংকোই ভণ্ডবা ফিদা ১, খুদৈ শেন ১, চোং ১, ইরোই অচৌবা ১, য়েনহৌং ১, লফোই চু-হৈ থকেথন ১, উচিরা ৫, থাংমৈ ৫ চেংলৈ শরেং, ডাতেন, ডানোই ৩, ডাংঘা বানতোন, য়োংশবী, থাবৈ, চেগপ, ফিরাক ২, য়োং শেন খুনেং ২, হৈনগ্বা ১, কাপ্তু, কাপলেন, থোংথিংনা লাংলু মীশু লাইশু ভমজেএ॥

## ২৬ মুবাং চীংগী পরম

চীদেন্দা শঙ্গোম অহিংবা মচু মানবা পুখ্রি ১ লৈবনি। মলাঈরেম্মা ৭না শাম্মাত্নুনা লৈবা মফম্নী থম্নাল লৈমান্না মরাং চাওবস্থ মথং মশা থেক্লা ভাইবা মফম্নী।। অতুপ্পীদ কম্প্রু খুংথেকপী কৌবনি চেগাইনা লৈমাইদ্দা চিত্নুনা ভ্যাইরুম্মী হায়দুনা চেগাই লৈইপোক কৌই। মুশা খ্বানা থোংবীনা মাল্লেমদা ভক্তনা ভঙ্কএ হায়বগী খুবীপোক থবান নোংশারাজ কৌএ।। মাপী পুনবু কোক্লা থোংনা কাখিএ হামদুনা মাপুনথোংয়াই কৌএ।

## ২৭ বাংব্রেনগী পরম

বাংব্রেনগী চীং মতোন্দা মুঙ্গী শঙ্গাই লৈবনি পুখ্রি ১মু লৈরবনি। চাংদোন্দা মুংগী খুদা মাগী ফম্বাল তাংবন মনাক্তা মুং ৯ থারিবনি মচু উনং লাই ৯ নি। মনাক্তা লইকোম ১ লৈ য়োংনা কোলে থাবনি। মুং ৯ত্থু চপ মান্নাবনি। মুংগী নমভাদা উচান্ন অঙোবা ১ হৌরিবনি নমভাদি মুং অশংবনা ওইবনি। অরাং থংবন্দা থোং থিংলিবনি। শঙ্গাই মনাক্তা মুং ৩ থারিবনি।। অমুবা অনানবা অত্থুদি ভারেন পোকফম্নী। অঙোরগুম্বা মুংত্নুনা শরেংগা ভাত্তেনগা ভাহৌগা পোকপা মুংনী, অশংবা অঙাংবা অত্নুনা ঙাথী মুরাং ঙানোই পেংবা ঙাম্নাম পোকপা মুংনী মমিংদি ১না ঙাহৌংপাক কৌএ ১না পুকমাহীং ১না পোকপী শংকু কৌএ।।

ইরাত্তী :—ফম্বী ৩, ফিরাক ৬, হৈনম্বা ৩, লৈশং ৩, কা মনা ৩, চু-হৈ, ফিরোই ৩, হাও ফনেক, খ্বাংনপ কোকথুম, হৈজ্রাং কাতী ৩, অহাওঅথুম, ভারম ১৯, লফাং ৪, চেং লাকোন ৩, থুম, ফৌদাং, লিকোন ভাতাং, য়োং শেন খুনেৎ ২, কোনয়াই পু ৩ য়াওনা ইরাংলু ভাহোংই ।

শঙ্গাই মমাংদা মুং ২ লৈয়ে অশিথোং অচংথোংনী থংভ মত্থু লাংপদি ওক ১, য়েন ১, য়েরুম ৬, ফি ২, চেং, লফোই লফাং ২, চু-হৈ, য়োংপাক ২, পেৌরোন ৪; উয়ুং ৪, ভাহৌ ৮, কাপলেন সনা লুপা পৌরোন থিংগনি ঈহৈনা লাংলু মমিংদী (ক্রু হীং হুথ মসহং) কৌএ অসিনা লাংলো ॥

বাংব্রেনগী ইরাত্তী :—ফম্বী ১, ফিরাক ২, থকথন ১, ফিরা ১; লাইনিংথৌ লাইরেম্মাগী ফিরোই অগুবা ২, লফাং ৫, কা মনা ৫, হৈনম্বা ৮, লৈশং ৫, চু-হৈ, শরেং ১, ভারেন ১, ভারন ১২, ভাংবা য়ানতোন, চেং, থুম, ফৌদাং, লাকোন ১; কোনয়াই পু ২, য়োং ১, থাং ১, য়োং খুনেৎ ২, সনা সন লুপা সন ফুহীং খয়োম, সনাগী হী লুপাগী নৌ। শরেদী ইরোই অমুবা ১, ওক ১, য়েনহীং ১, থোংজি নাশি য়েরুম ৬, অসিনা লাংলু লাইমিংদি খাবুংলেন থমনীংথৌ কৌএ। মিংথৈনা খমহীংচি কৌএ। মচা লোক্কানিংথৌ লৈবমি মুংগী শগাইশু লৈবনি লিংজেন থাই হায়হুনা থানাচাওবা কৌএ॥ ইরাত্তী অমতনি লাইমংদি খাহীং সনা সীংথিরেন কৌরে মিংথৈদি (নৌমুপামিহীংচী) কৌবনি ॥

## ২৮ চৌংথৈ চৈংগী পয়ৎ

চৈংলোবা মনুষ্যি শকাই ২ লৈবনি মনাক্তা পুরি ১ লৈত্রা। পুরি মনাক্তা ঙু ৩ লৈবনি ১ দি চিংথৈমরনী মমিংবু মীরু ছিং পুথৈচী কৌত্র, ১দি চৈংচী মিংথোপা কৌত্র। মমিংদি (কোকচী) ১দি নোংপোক অচিবনি মমিংবু পীৎ পীৎ হচী।

অহুমকী ইরাত্তী কপী ৩, ফিরান ৬, য়োংফী শেনগী খুনেং ২, লকাং ৪, কা মনা ৪, হৈনপ্পা ৪, লৈশং ৪; চু হৈং, চেংলৈ লা, থুম্বা কোনথাউ পু ৩ সিনা লাংলু।। সজাইগী মনাক্তা শেনগী ফুরা ১ লৈবনি, ১না ক্লা ঙুং ৯ থারিবনি।।

মসিগী ইরাত্তী কপী ৯, ফিরাক ১৮, য়োং শেন খুনেং ১৮/১৮, লফাং ১৭, হৈনমন ইবা ১৭, লৈশং ১৭, কা মনা ১৭, চু হৈং লা, চেং লৈ, কোনয়াই পু ১০, সিনা লাংলু লাইমিংদি হুরেং কৌএ ১না অ হ চী, ১না স নীক, ১না হ র চী, ১না থ হ চী অমনা তে হে চী অমনা গু হ চী অমনা র হ চী অমনা স্নীক, কৌএ ৯গী পুনবা লাইমিংদি সরহৗং, রহহৗং, সীংহসরী কৌএ নিংথৌ পুক্সিএ।। মনাক্তা মন ১ লৈবনি মনাক্ত সনা থোকপা লাইকোম ১ লৈবনি মনাক্তা সনা মানবা ঙুং থারিবনি ঙুং হু সনা থোকপা ঙুংনী।।

ঙুং লাংপগী পোৎচংদিঃ—ফিঙাং ফিজোম, খুদৈ, যিম্বু ইনফিং ফিদা ১, ৎকথন ১, থাংমৈ ৫' লফাং ১, হৈনপ্পা ১; লৈশং ১, কা মনা ১, চেং থুম, লা য়োং খুনেং শেন খুনেং ২/২, কোনয়াই পু ২, খৈয়োম মুহীং, য়েন অঙৌবা ১, য়েনহীং থাও। লাই

৯গী ইরাত্তী শরেন চম্মা লাংকনী ইরোই অঙৌবা ১, ওক ১, য়েন ,২ হানতোন : ঙাক্লাং য়োংশবী খাইদ্দেক্নপ, থাং য়োংপাক কোম্লাই পু.৩,থোংজুনা. লাইলু অকবা লানি ।. লৈবাকপু কম্বা মক কৌরেম্বা থেঙ্নো লাংমোন লুখোই. ঐনা থবগী চুক্লা রোন্নে।। লৈবাকপু কানবা অবা অনা দৈতানবা বানে হংকায়খ্রে।।



ফোংডবা : নোংমৈকাপম শ্যামকুমার

অহানবা খুৎনম : ইঙা ১৮নি পানবা, নিংথৌকাবা ২০০১ ইং

কোপী মশীং—৫০০

হক পুন্না অইবগীনি।

এল: মংলেম মৈতৈগী কোংখ্রবা লাইরিকশিং :—

১। খমনুং ইঙাল লৈশাবা (ভো: ১—৪)
২। খমনুং য়াঙ্গেনবা (লাই শোরাৎ)
৩। চবাললোন
৪। উশিল্লোন
৫। চুকশারোল
৬। নোংখাই পুয়া (অমাইলোন)
৭। লাঙ্গোল চৌংগোইরোল প্রেস্টা
৮। লাই হরাওবা ,,
৯। থাঙ্গ চৌংথিরোল ,,
১০। থেঙ্গৌলোন ,,

---

নফম : মতম কুইনা লেপলুরবা লাইরিক য়েংবম মথা লৈকায়দা
লৈরম্বা হৌজিক্তা পাউনা বজারদা অমুক হন্না থবক
হৌজরবা ইউরেকা প্রিন্টিং প্রেস।

মমল লুপা ১০/-